# সুরগী ঈশৈ

অইবা

মুতুম্বা তোম্বা



এল. দি. এম. আর্টস সেন্টর

ইম্ফাল

**SURGEE ESHEI**

*(A Collection of Manipuri Song*
*by Mutua Tomba)*






**অফোঙবী** ঃ মুতুম্ ঙংবী বীজেন্তী
কৈশ্রামপাৎ মুতুম্ লৈরক, ইম্ফাল

**খুৎনম** ঃ অনীশুবা, ইং ২০০৮ (সেপ্টেম্বর)

**কোপী মশীং** ঃ ১০০০ (লীশিং অমা)

**হক** ঃ অইবগী

**মখূম** ঃ থোঙ্গ্রাম দেবীৎ (সনাথোই)
অইবগী মশুনুপা
শিংজমৈ ৱাইখোম লৈকাই, ইম্ফাল

**মমল** ঃ লুপা ১৫০/

নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।।

# ৱাহৌদোক

ইনাউ মুতুৱা তোম্বগী ঈশৈ ময়েক চাম্মগা মরি পানবা "সুরগী ঈশৈ" হায়না থোনবা ঈশৈ ময়েক্তগী লাইরিক অসি ঐহাক পাজরে। মহাক্কী ঈশৈশিং অসি ষ্টেজদা মণিপুরগী মশক নায়রবা কলাকার অয়াম্বনা শকখিবা ঈশৈশিং ওই, অদুগা খর'মনা এ. আই. আর. ইম্ফালগী থোঙদা লাম্থোকখ্রবা ঈশৈশিং লৌখৎপা ওইনা তৌই। মুতুৱা তোম্ববু অমুক নৌহৌনা মশক তাক্লুদ্রগসু মহাক কনানো হায়বসে থোইদোক্লা খঙনরবা ৱাফম্নী। ঙসি "সুরগী ঈশৈ" হায়না থোল্লিবা ঈশৈ ময়েকশিং অসি ঈশৈগী লমদা চঙশিনবীরিবা শৈশকপশিংনা অমুক্কা সুর তৌদুনা শকপীবা তারবদি ঈশৈশিংসি তোপ তোপ্পা মশক অমা ওইনা লৈহৌগনি খল্লি।

মুতুৱা তোম্বগী ঈশৈ ময়েক্তি মীয়াম্না অদুম খঙবীরিদুনি, ৱাহৈ লীক্লা শীজিন্নদুনা মখল অহুমদা ইবা ঈশৈনি। খুদম ওইনা নুংশি নুংওলদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎপা ঈশৈশিং খরা, লৈবাকনীংবা ঈশৈ খরা, অদুগা ঈশ্বরগী মফমদা চঙজবা, নীজবা অমদি ভক্তিগী লাইনীং লম্বীদা চঙশিনবা মখলগী ঈশৈশিংনি। মহাক্কী ঈশৈশিং খূৎইদা ৱাহৈ অনী অনীনা ওইবা, অহুম অহুম্না ওইবা, মরি মরিনা ওইবা ৱাহৈ শাদোক্তুনা ঈশৈ অমমম শেমগৎলি। ঈশৈ অমগী অন্ত্রা অহুম অহুম শেম্লগা ৱাহৈ পরেংনা মরি মরি চত্তুনা ঈশৈ অমদা লাইন তরামরি নৎত্রগা করিগুম্বদা তরাতরুক শাদুনা ইবা ঈশৈশিংনা অয়াম্বনি।

মুতুৱা তোম্বগী ঈশৈ খুদিংমক্কী মপুং ওইবা মীৎয়েং অমসুং খূৎইগী মশক ঐখোয়না য়েংবা তারবদি "পুন্সিবু মশক তাকপা" পোৎশক্তুনি হায়বা তাই। মাগী পুন্সিগী মশক অমবু ঈশৈদসু মীৎয়েং থমদুনা ফিদা অমা কনশিন্নবা হোৎনবা মহোৎনা অসিসু মায়দি পাক্লবনি। ৱাফম অমনা লমদমসিদা ঈশৈ ময়েক্তগী লাইরিক ফোঙনরকপসি কয়া য়াম্বা নৎত্রি, খূৎ থেক্তুনা পাব য়ারি।

সাহিত্যগী পুকৈদা ঈশৈ ময়েক্কী দানসু লেপ্তনা তৌফম থোকই, অদুনা তূং কোইনা অইবসিদগী ঈশৈ ময়েক্তগী লাইরিক কয়াসু পুথোকপা ঙম্লকসনু হায়না ঈশ্বরগী মফমদা থৌনিজরি।

ইম্ফাল
তাং ২০/৮/২০০৮ ইং

**পদ্মশ্রী (ডাঃ) এম. কীর্ত্তি সিংহ**
এম. এ., এল. এল. বি., পি. ঐইচ. ডি., ডি লিট

# ৱাহৈ খরদং

ঈশৈ হায়বা কলা অসি য়াম্না অৱাংবা থাক্কী পোৎশক অমনি খঙনরে, অদুবু লমদমসিদদি হন্থবা থাক্তা হৌজিক ফাওবদা লৈবগুম তৌরি। কলা অসিগী য়াংলেন ওইরিবা ময়েক অসি য়াওদবা য়াদবা লমসিগী অচৌবা পোৎশক অমনি। ময়েক ইবা হায়বসিসু অরাইবদি নত্তে, অপাম পামদ হায়বগী মওং লৈবনা খূৎ থাবদা অমদি ইবদা অপনবা লৈ, অমরোমদা লোল অসিগী অশাংবা ৱাহৈ ওইগনবনা হিন্দুস্থানি সঙ্গীত্তা য়ূম্ফম ওইরগা মাত্রগী য়েংলকপদা ৱাহৈ তেনশিনবা হায়বসি অইবা (শৈরেংবা) দদি নীংবা থুংদবা লৈ, মসি হায়রগসু খরদি ঙাক্তবা নত্তে। অহোংবা, কুপ্না নৈনরক্লীবা পুথোরক্লীবা মতমগী য়াওলদা মালেমগী লাকপদদি মাত্র ঙাক্তা চত্তনা চাওরাকপা শকপা য়াব ময়েক হায়বা অমা পুশিল্লকপদগী খরদি নীংবা থুংনরকই। মসি ওইরগসু শৈরেংবা খুদিংমক্লা মনুং মপালগী পোৎ নৈনদুনা, খঙনা খঙনা চৎপগা লোইননা হিন্দুস্থানি সঙ্গীৎ অমদি ইন্টরনেসনেল কোর্ট অসিদা ময়েক করম্বা য়াবগে হায়বসি শৈরেংবশিংনসু খঙবদগী লাইনা লাইনা মখল কয়া ঈশৈসি ইথোরকই/পুথোরকই। ৱাফম অমনা অইবনা তোইনা পঞ্জবা, ঈশৈ হায়বা কলা অসিগী য়াংলেন ওইরিবা ময়েকশিং মীয়াম্না পোপুলর ওইবা হায়বসি তোইনা মীপুম খুদিংমক্কী মনাকোংদা তাহল্লগা ওইবা ঙাকনি। নোংমা ফাদোক তাহনবনা মশক থোক্তে। ঈশৈ হায়বা কলাসিদি ময়েক অমসুং সুর থান্দনা অপাম্বশিংগী মফমদা কাওহন্দ্রগা ওইফম থোকপনি।

অসিগুম্বা ৱাফমশিং অসিনা মীয়ামদা লাম্থোকখ্রবা ঈশৈবু নীংশিংননবগী ময়েক পূন্নমকপু খোমজিন্দুনা লাইরিক অমা পুথোকফম থোকই খন্দুনা পুথোকপনি। পাদুনা নৈনবনা মীওই খরগীনি, শৈশকপশিংগীনা ময়েক থিদুনা

মীয়ামদা তোইনা শক্তুনা তাহনবা হায়বসি তঙাইফদবনি। অদুনা ইজরুবা খরবু পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং লৌবীরিবা লময়ানবা প্রেসকী ইকায় খুম্নরবা মেনেজর, টি. মঙ্গী না লাইরিক অমা ওইননবা হোৎনবীবা অসিগীদমক শীংঙম্লরোইদবা লমন অমা তোনশিঞ্জরে।

**অইবা**

# ঈশৈ ময়েকশিং

ঐবু ঈশৈ ইহনখিবা

লমসিদা চঙশিলহনখিবা,

ঙসিদি লাইওইখ্রবা

ইকায় খুম্নরবা

**শঁরত অরাম্বম** গী মফমদা কৎচবা

# মী ৱারি

নঙগী পুন্সিগী খোঙচত্তা
অৱা নুংঙাই তম্নীংদ্রিববু,
করি লৈখিবনো হায়য়ু!
নঙগী তেংথাজবা লৈরিনে
কনাগী নাপদা লীহৌদবা
পুন্সিগী ৱারীসে লোৎনীংলিনো,
নুংশিবগী থম্মোয় পুঙমদত্রা
চৈনা খাঙবদা ৱাত্রা?
পিরাং শিন্থবদা লোইত্রা
সিদং ঐঙোন্দা খঙহল্লু,
নঙনা ৱাজবা অদুদং
ঐ খঙনা চৎখিগে।

# খাঙউ লোন্না

খাঙউ লোন্না
কপ্পু তূমিন্না,
নঙগী মাগী
নুংশি মরীদুগী।
অরোলবা থম্মোয়বু
কন্নানা খঙই,
নঙগা মাগা
খঙনবা নত্তনা।
থমখিদবা শাক্কিনা
চেৎহৌদে মরী,
'সিনা ওইবনি
নুংশি কায়নবা।

# নুংশি তশেংনা নঙবু

নুংশি তশেংনা নঙবু
পুন্সিগী অহানবা থেংনখিবা,
লৌনম চিরোল য়াওদনা
পীনখিবা থম্মোয়গী নুংশিবা।

ঙসিদি নঙসে পুথোক্লুনা
মীয়াম মাঙদা লেন্নজগে,
ঐগী লেংদবা নুংশিবনি
তাক্লুনা শক খঙহনগে।
মীৎ য়াম্লীবা নুংশিবদা
ইকাইবা পীদুনা উৎলমগে,
মতমগী লীচৎকা চাংদম্লনা
ঐগীনা তোমথিন ওইহনগে।

# মুর্তি ওইনা লেপ্পু

মুর্তি ওইনা লেপ্পু
ঐ তুরি পায়রগে,
পামজবা মচু শংদুনা
নুংশি রাশি হাপ্লগে।

থম্মোয়দা শাগৎচবা থাখল
নঙগী থম্মোয়দা তাহনগে,
অউবা খুদিংনা খঙনবা
ঐগী শক্তমসে লৈহনগে।

শক্রোন নায়না শাথেকউ
মী কয়ানা তমহৌনবা,
ঐগী ইতৌ তম্বনা
নুংশিবগী মশক লেপক্লী।

# ঈশৈ অমত্তা ইগে

ঈশৈ অমত্তা ইগে
শকপীনবা ঐগী লৈরিঙে,
অবা নুংঙাইসু পাউদমগে
তাবীনবা নঙ লেপ্পীঙে।

ঈথক ঈপোম নায়না
ঈচেলদা তাওদুনা শান্নরিঙে,
ইবানিগী ঝারী লীশাংদো
ময়েক শেংনা ইরগে।

সুরগী ঈশৈ লেপ্তুনা
ঙংখো পোলোই য়ৌনা,
ঈশৈ শকপনা শকউ
ঐনা ইগনি কয়া।

# নাইতোম থোকপা থাজনা

নাইতোম থোকপা থাজনা
ঐবু য়েংলগা লক্করি,
মাগী মতৌ তম্বগুম
ঐসু লেম্লীব্রা হংলি।

ইপাং লৈত্রবা পুন্সিসে
ঙসিদি হায়বদা পকচরে,
থাজগী মতৌ তম্লুরদি
কায়না মৈশাদা লাংনি।

খঙবীদবা থম্মোয়গী ৱাবু
কনানা তাবীরগা খঙগনি,
অথিবা লৈতনা ফজবা
ময়েক শেংবা ঙল্লোই।

# থম্মোয়না খোইদাবা নঙবু

থম্মোয়না খোইদাবা নঙবু
পুন্সিগী খোঙলোই ওইবীয়ু,
লৈজবা পূম্বা কখোক্তুনা
নঙগী ঐহাক লেপকে।

নীংবা থুংলক্তবা কুইরে
নুংশিবা অমত্তসু থেংনদ্রি,
ঐগী খনবীবসু লৈত্রি
নীংবা কায়বদা ওইরি।

নঙনা ঐগী লেপ্লীরদি
করিগী ৱারুনি পুন্সিসে,
অরেপ্পা অমা হায়রো
পূকচেল হোংদনা লৈরগে।

# নুংশি শক্রোন পুবা

নুংশি শক্রোন পুবা
নুজা নঙতনি থল্লগে,
চোইরা শন্নাংনা চুমথাংগুম
শীংথাদুনা মশীং চল্লগে।

মায়থোং লকাদি থাজগুন্নী
তারকপা পাম্বোমনা থম্বৌগুন্নী,
শবান মুর্ত্তিনা থম্বালগুম
চুন্না হৌবা লৈরাংনি।

চরৈ ফিজোল লৈতেংদুনা
সনা য়াংবীথক্তা চৎপবু,
লমঙানবী মেরা পুর্ণিমানি
শীংথাব লোইবা নথত্রিনে।

# কপ্লী পেনদে

কপ্লী পেনদে
তেংথাই তাবীদে,
ঐ খাঙলগে
পুন্সিগী ওইনা।

সিবু লূব্রা
কৈসু নত্তে,
কুইরবা ঋারী
লোত্তুনা থম্বনি।

হংলুনু মঙোন্দা
করি কান্ননি,
কনানা করিগী
অওইববু তম্লকনি।

# কায়না পিরাংনা

কায়না পিরাংনা
থম্মোয় পূঙমদ্রে,
নুংশি ৱারীনা
নাকোং চিলহল্লে।

নঙনা মাগী
ঐনা মহাক্কী,
মৈশা ওন্না
লৈকংলা ওইনা।

চান্নবী নত্তে
থম্মোয় কল্লু,
পিরাং থেমজিল্লু
খাঙউ ঙসিদি।

# মীগী ওইখ্রবী

মীগী ওইখ্রবী
নুংদি নুংশি,
ঐগী ওইয়ু
লাইবক্তা তমদ্রবী।
করিগী থেংনরুবা
নওবু ঐনা,
নশুংলাংগী ঙাওরিবা
থম্মোয়দি থেমঙমদ্রে।
পাম্লুবা কৌবনা
নফমদদি কখোক্লী,
খঙবীদবা ইতৌসে
অমুকসু পেঞ্জদ্রে।

# তূম্লীবা থম্মোয়সে হৌদোকপীয়ু লাইনা

তূম্লীবা থম্মোয়সে হৌদোকপীয়ু লাইনা
লৈকো শোক্লো খঙহনবীয়ু নুংশিবা।
খঙদ্রিবা মপালথোংগী ফজবা অমা
তপ্না তপ্না ময়োল চোংহল্লু।

উদবগী খঙদবা থম্মোয় লকাদা
নৈহৎ তুহত্তুনা মাঙহন তাকহনবীনু।
লৈনমগী মগুন্দা নুংশিবগী পাম্মুবা
খঙনা লৌ পুন্সিগী লেংহন্নু।

# লৈহৌই লৈনাদা

লৈহৌই লৈনাদা
নুংশিগী ঈরিক,
তিঙ্খাঙদা পূলহৌই
মীৎয়েংগী চিরোল।

মতমনা শাগৎলকই
শাবী শানৌতগী,
চেৎনবা মরী
তৎনবা কয়া।

করিগী নীংশিংলি
খল্লুনু নঙনা,
ৱাদ্রা থম্মোয়সে
লাইমন ওইহনবা।

## থম্মোয়সিনা নোংমা

থম্মোয়সিনা নোংমা
চিরোল তৌই,
তত্তনা নীংশিংই
পূক্লিংদা হায়না।

খঙনখিবা নুজাদো
থেংনখিদ্র কুইরে,
য়ূম্নাক শাগৈ
অমা হোংখ্রব্রা।

নোংমা য়াওশঙগী
থাবল চোংবদা,
খূজেং পায়ন্দুনা
ৱারী শাখিবদো।

# লাক্লব্রা ঙাইরিয়ে

লাক্লব্রা ঙাইরিয়ে
নঙনা লেপ্লম্বা,
শক্তম অমগী
মশক য়েংনা।

ঐনা পামজবা
পুক্নিগী ওইবদুদি,
নত্তে খঙনা
নঙতগী য়েংবনি।

থাজবা লৈবদুনা
ৱারসু হায়দবদি,
খঙগনি নীংবনা
ইফোঙ ফোঙদবনি।

# নখূৎমক্লা চিংলবা লৈইগী ৰাংমদা

নখূৎমক্লা চিংলবা লৈইগী ৰাংমদা
ঙসিদি ঐ লেপ্লী বীদাইগী,
হূ পুরবা নচীলদুনা ঙাংলকপা
তাখিগনি ঙসিসু থৰাই চঙনা।

নাপলনা মাঙখিসনু লৈনরম্বা মরী
চাং ওন্দুনা য়েংলিবা থম্মোয়সে,
ময়েক লানা অনী থোকহল্লনি
খেন্নবা করিনো তাক্তুনা উৎকনি।

নুংশিবসু চাম্মনি কয়াসু থেংননি
অহেনবা লৈতে ঙসিদি খঙলে,
মীনা মীগী খন্দবা হায়ববু
ৰারগা পেন্নবা 'সি নৎত্ৰনে।

# চল্লগে পাউখোঙসে

চল্লগে পাউখোঙসে
পুন্সিগী ওইনা,
ফোঙবা তারদি
পিরাংদদি তারক্কনু।

লৈমন চনবা
কনানা পামখিদে,
লৈকংলা ওইবসু
থম্মোয়না য়াখিদে।

করিনো মসিবু
অরোলবসু নত্তনা,
নুংশিবদা লেপ্নরগা
নুংশিবা য়াদ্রিবদি।

## মীগী লীচৎ

মীগী লীচৎ
ঐদি য়েংনীংদে,
উনীংদে শকওং
শা মাল্লি।

তানীংদে খোঞ্জেল
শীংজা য়িরে,
মুৎথ্রো মীওইবা
করি কান্নরিগে।

হাৎনৌ শেৎনৌ
অঙম অঙম,
রাখল খনদ্রদবু
মী ওইরিব্রা।

# লৈমন চল্লে লৈরাং শীঙ্গারৈ

লৈমন চল্লে লৈরাং শীঙ্গারৈ
নাপদা চিনদ্রিঙৈ লৈচল ওইদ্রিঙৈ।
অহীং লীক্লানা য়েবদা ওইরমানে
লৈখোকসু ৱারে লৈনাসু কেল্লে।

কোরৌনা তেংথাবা থাজনা য়েংঙমদ্রে
লাইজ ঈরিক্লা লোন্না শিঙ্গরক্লে।
চান্নবী অমগী নীংঙমদা ৱারীগী
লীনা লীনা মাসু লোইরে।

# পুন্সি খোঙচৎসিদা

পুন্সি খোঙচৎসিদা
থেংনবা খুদিং,
ঙসিদি লোইনা
পাউদম্বা তারে।

অৱাবা কয়াদা
নুংঙাইবা অমতং,
থৌদোক্কী ওইনা
লৈখিবা নীংশিংলগে।

খোঙবু লীশিংনা
শেমখিবা খোঙলোইদো,
মা ঐগীদি
ৱারী অমতনি।

# ফম্মুলাও ঐগী নাকসিদা

ফম্মুলাও ঐগী নাকসিদা
নুংশি ৱারী লীরকখিগে,
কুইরে শানদবা ৱারী
নঙদি হৌসু হৌদোরক্তে।

করিগী লাক্লগা চঙলক্ত্রিবা
নঙগীসে ঐঙোন্দা ওইনরিরা,
ৱাহৈ অমতদি হায়রকউ
ঐগী অপেনবা ওইগে।

ইবানি পূনবা নুমিত্তা
শাজগে খনবা কয়াদো,
কনাদা পাউদম্নী পুন্সিগী
নঙ ঐতগী ওইবদি।

# নঙগী নুংশিবনা শক্তা য়েংলে

নঙগী নুংশিবনা শক্তা য়েংলে
ঐনা খঞ্জবনা থম্মোয়দা য়েংবনি,
খেন্নবা অনীগী মনুং মপালদি
নঙ ঐনা লেপ্পা ঙম্লরোই।

হায়না ঙাংনবা অচুম্বা ফংলরোই
চীনগা মীৎয়েংগা মান্নবা ৱাদা,
লেপ্লগে ইবানিগী অহেনবা অমা
য়ানবা শক্তুনা নুংশিবা কৌথ্রসি।

লম্বী লৈরমদবা মীনোক্লা য়েক্লসনু
পুন্সি অসি মমল লৈ,
খঙন্দবা লৈপুন্না মরী চেৎলোই
য়ান্দবা থম্মোয়সু তিষ্খঙদা ওইনি।

# ইশাগী ইমিৎ

ইশাগী ইমিৎ
থম্ফম খঙজদ্রে,
ইখোঙ ইখূৎ
পানবগী কানদ্রে।

অমুক্তা হংজখো
কোক য়াওরিব্রা,
মীরা শারা
ইমান মান্নরে।

হায়বা ঙমদ্রবা
জীব ওইনা,
পহিং হিংবা
করিনো মী।

## নুংশিনবা অমদা

নুংশিনবা অমদা
থম্মোয় পীরসু,
ইনাক্তা লৈত্রিঐঙে
লম্লানবী কৌথিনি।

খুদোল কয়া
পীরকপনা হায়ঙমলোই,
মাবু ঐগীনি
পুন্সিগী হায়বদি।

কায়নবা কয়া
মশীং খঙদ্রে,
ইমিৎনা ইখোঙনা
মাগী মখোয়গী।

# থম্মোয়বু লাইনা

থম্মোয়বু লাইনা
খঙবা ঙম্লদি,
পূক্লিংগী অরোলবা
ব্লাসু খঙগনি।

নুংশিনবা খুদিংনা
চিংনবা মতৌদি,
থম্মোয়গী পূক্লিংগী
খঙদবগী নৎত্রা।

লুরিবদি মায়থোংদুগী
খোঙফম লেপ্লদুনি,
নঙনা ঐনা
মীৎয়েংদা চৎখ্রে।

# করিগী ৱারৌবনো নঙনা ঐবু

করিগী ৱারৌবনো নঙনা ঐবু
লানখিবা করি লৈদনা তমথিনা,
ওইঞ্জবা থোক্লদি করি ওইরম্বা
নুংশিবগী মগুণ হেন্নবা উৎলম্লদি।

নুংশিবদি হায়নৈ লক্লদুনা য়েংউ
থম্মোয় খঙনবা পুন্সিগী চেৎনবা,
খম্বনা থোইবীদা লক্লখিবগী ৱারী
মোইরাং কংলৈরোন্দা লৈরি নৎত্রনে।

শাওখিনু অমুক্তা শকফমদো মাঙনি
রাশি লৈখ্রবা নতৌ উররোই,
নঙ ঐগী চেৎনখ্রবা মরীসে
কৈশু লৈতনা মীনা খনখিনি।

# পিসে করিনি খনবগে

পিসে করিনি খনবগে
অৱাববু নুংঙাইবনি খল্লুরা,
হৌখিবা কয়া কাওথোক্লগা
ঙসিগী মীনোক্তা হিংউরা।

নঙনা অহেনবদা খল্লগা
ঐঙোন্দা চাংদম্নরি পুন্সিসে,
লৈকংলা অমগী মীনোক্তা
চাংদম্নবা পুন্নমক অনেম্বনি।

পিরাং লীশিং শিন্থনা
খাঙলি থম্মোয় সিদি,
নুংশিবগী অশেংবা ওইনা
হেন্নসু ময়েক শেংহল্লি।

# থম্মোয় লাইমন ওইদনবা

থম্মোয় লাইমন ওইদনবা
নুংশিবা অমত্তা থম্লুনু,
কায়না মৈশা লাংদনবা
মীৎয়েং কারন চল্লুনু।

নুংশিগী ইহুল ফাওরকপা
লোন্না থেমদুনা মাঙহনখো,
মসিদগী অতোপ্পা লৈতবনি
পূক্নিংগী ইহুল থেম্নবদি।

ফংলোই অশেংবা নুংশিবসু
শক্তী শেলগী কৈথেলনি,
মমিৎ উদবা তাইবংপালনি
থম্মোয়না লেপ্পা য়ারোই।

# হনখিবা থোক্লবা নীংবা কায়না

হনখিবা থোক্লবা নীংবা কায়না
পুন্সিগী নীংঙমলোই নঙ তূংদা,
অমুক্তং লাকপা ঐগী খোঙচত্তা
নঙগী খল্লগা ঐ লাকখিবনি।

লাকখিবা খোঙচৎকী মরম অমা
ঙসিদি নঙোন্দা অমুক্তং হায়য়ুরা,
করিগী চিংনবনো ঐসে কনানো
খঙনবা ওইবগী ৱারীসে তন্নীংবনি।

কুইনা কায়নবগী মীরাইববু ওইব্রা
ৱাহৈ অমত্তা হায়রমদনা হল্লোরা,
ঐনা নীংজবা পুন্সিগী নঙবুদি
মতম চারে খন্না লাকপনি।

## চান্নবী লীশিং

চান্নবী লীশিং
ঐগী লৈরম্মী,
থম্মোয়সু খঙনখি
মরীসু থন্নখি।

অরেপ্পা অমতং
হায়রকপা মখোয়দা,
ঐগী লৈরক্কে
অমা ফাও।

মতমগী শাজৎনি
অওনবা তাকপনি,
মতমগী নুংশিবা
মীনম্বা ঙাক্কনি।

# হূ চেল্লবা নচীলমক্লা

হূ চেল্লবা নচীলমক্লা
ওইদবা লীশিং ঙাংথোকই,
শেংলবা থম্মোয় সিদা
হঞ্জিন হঞ্জিন ৱাহল্লি।

কয়ারক খাঙবা তারিবা
নুংশি খঙলুবা ঐনা,
চিরোলবু থাজরিবা নঙনা
কনাগী মপাউদা পাউথোকই।

নুংশিবগী মফমদা হৌনবীরা
ওইদবা কনাগী পাউনীংখোল্লা,
থম্মোয়বু তশেংনা খঙলম্লদি
লান্না অমুক্তা লৌরমলোই।

# শমজিদা ইখূৎমক্লা থেৎলগে

শমজিদা ইখূৎমক্লা থেৎলগে
নঙনা পামজৈ হায়বা,
অঙাঙবা গুলাপ 'সিদং
ঐগীনা শাক্ষি লৈ।

লৈমন চনহন্দনা শাৎহল্লু
নপাউ তমদুনা চিরোলনৌ,
পুন্সিগী শেন্নবা লৈচলসিনা
নঙ ঐগী পূনবনি।

লৈশক ওন্দুনা কেনখ্রবা
পাখঙগী পূকচেল হোংলবনি,
থম্মোয় নঙতনা খঙজৌ
ৱাশক 'সিমসু তম্লমগে।

# ঙসিদি নঙনা ঐবু উরগা

ঙসিদি নঙনা ঐবু উরগা
মায়থোং লূক্না হায়ঙমদ মতৌনো,
অরোলবা করি থম্মোয়দা ফুম্বনো
মিৎলুদদি পি ঈরা চেন্না।
নুংশিবনা ননাক্তা লেপ্লবা মতমদা
ৱাহৈ অমত্তা ঙসিনা ঙাংদ্রিবা,
ঐগী ইরাল করি লৈখিবা
ৱারৌরে তাক্কুনা হায়খ্ররোই নীংলব্রা
পুন্সিগী লৈপূল পাল্লীবা ঐনা
অরেপ্পা অমগী খঙনবা লাকপদবু,
হায়ররোই নীংনা শক্লোন নায়ব্রা
পলেমগী য়াৱানা কল্লি নীংব্রা।

# থম্মোয় নঙনা করিনো

থম্মোয় নঙনা করিনো
ৱাহৈ লীশিং লোল্লিবা,
পিরাং শিন্থবসু হৈরিবা
অৱাবসু নুংঙাইবসু নঙদি।

নঙগী নশক হায়য়ু
নগুণ চাওবসু উৎলু,
হরাউ মীনোক্তনা পেল্লিবা
ওৎ নৈরগনা খাঙঙমদ্রিবা।

করি লাইৱা পূবনো
শক্রোন চাম্মা নায়বা,
কনানা নমিংবু থোনবগে
ওম্থোক্লা ৱারৌ চাওবদি।

# শকউ নঙগী ঈশৈদু

শকউ নঙগী ঈশৈদু
তারগে ঙসিদি হরাউনা,
পুন্সিগা লৈনবা মরীসে
অমুক্তং হায়গেনা খনবনি।

ফাওহল্লু অতাবা খুদিংদা
নঙগা ঐগা অমতনি,
কুইনা শেমগৎখিবা ৱারীসে
পিরাংতনা ময়েক ওইখিবনি।

তানীংদে মখোয়গী ঈশৈদি
নুংশিবগী ময়েক শেংদে,
নঙগী ঐগী ৱারীদি
ৱাহৈ খুদিংদা পেন্দবনি।

# থম্মোয়গী পোথানবা

থম্মোয়গী পোথানবা
য়ূ থক্লবদি,
পিরাং তাদনবা
ৱারী লীরুরনু।

খাঙবা কল্লবদি
নীংশিংলরোই থৌদোকশিংসু,
থেমজিনবা ওইনসু
পুন্সি লেন্নী।

করিগী নিশাদা
পুন্সিবু চনবনো,
কনাগী মৈচাক্কী
পাউদম ওইবনো।

# পি তাবগী মরম হংলবদি

পি তাবগী মরম হংলবদি
ঙসিদি হায়রগে পুন্সিগী ওইবসে,
ব্রাহং কয়া হংনীংবা লৈবসু
হংলরোই নঙোন্দা পাউখুমসিদা পীগে।
ফোঙলম্বা পাউখোঙ নাপদা থম্বীয়ু
তরাই-তরাই খনবসু তৌবীনু,
কুমশীং কয়ানা শাগৎখিবা ব্রারীসে
মমল লৈহন্দবা কনানা য়ানি।
অহৌবা লৈরবদি অরোইবসু লৈনি
তাহনবা পিরাংসু চন্না নত্তে,
পি মরিক মরিক্কী অর্থ
হান্না খঙবা নঙদদি ওইখো।

## খঙহনদে ঐঙোন্দা

খঙহনদে ঐঙোন্দা
কোরৌ মৈশাগী,
ইংলবা থাজগী
খেন্নবা অনী।

মাগা ঐগসু
ৱাখল মান্নহনদে,
থম্মোয় চেৎনরগা
নোংমতা ওইরসু।

মান্নবা মৈশাদি
লৈকংলা ওইবতনি,
কেম্বা পুম্সিসু
অমত্তা পূলহল্লি।

# ফিনেক খোইদোম শেৎলিঙৈ

ফিনেক খোইদোম শেৎলিঙৈ
অপাম নুংশি খঙদ্রিঙৈ,
থেংনহৌদ্রে নুজা মাবু
পাখঙ ঐগী পুন্সিদা।

নোংমা থেংনবা 'দুনা
পাখঙ তরাগী মীৎয়েং-খাদা,
নুজাগী অরেপ্পা লৈনা
ঐসু নুংশি ফোঙলুবনি।

করি ওইরসিগে ঙসিদি
নুংশি মশকসু খঙলুরে,
কায়না মৈশাসু লাংনীংদে
ঐগীদি ওইনীংই মাবু।

# নুংশিবী নঙোন্দা ঙসিদি

নুপা ঃ নুংশিবী নঙোন্দা ঙসিদি
থম্মোয়গী য়াৱাসে হংজগে।

নুপী ঃ করি য়াৱা হায়গদবা
থম্মোয় কায়গদবা ৱাবু,
নিঙোল ঐগী ইফমদা
পূন্সিগী ওইনা হায়বীনু।

নুপা ঃ নুংশিবদি মমিৎ তাংই
লাইরা ইনাক-খুনবা খায়,
পলেম পম্বৌগী য়াথংদা
লৈপূল ওইখিদা হায়নৈ।

নুপী ঃ খঙই নঙনা হায়রিসে
ঐদি নুংশিবগী লেপ্পী,
লৈপূল ওইনবা শংজরি
পুন্সিগী ওইনসু থাদোক্লোই।

নুপা ঃ খঙজরে ইবুঙ্গিং লূম্লে
নঙদি ঐগী থৱাইনি।

# মঙলা তাইবংলা

মঙলা তাইবংলা
তৌরি মতৌসে,
মানা হায়বদা
শাথেক তল্লীসে।

নুংশিবগী ঈপাক্তা
পম্বুংদি য়ৌদ্রি,
লেপ্লীবা ফিরেপসু
মশক থোকহনদ্রি।

চৎনবী লীচৎলা
সিদং খঙনীংই,
অমুক্তং নুংঙাইনা
তাইবংদসু হিংজগে।

# পীরম্বা নুংশিবগী খুদোলদি

পীরম্বা নুংশিবগী খুদোলদি
মোলাংখাদা চেৎনা থমখ্রগে,
মা ঐগী পুন্সিনা
কায়নবগী ৱারী ওইখ্রসনু।

মা-ঐ পি তাখিবনি
অরোইবা উনবা মীকুপ্তুদা,
মায়থোংনা লৈমাইদা নোঙ্গরগা
ফিজিনা পিরাংবু তৈথোকখিদো।

কাওখিদ্রবা থৌদোক কয়ানা
নুংশি মরীবু নীংশিংহল্লি,
থম্মোয় অমগী লীপূন
চেৎনা চেৎনা কায়নববু।

# নীংঙমদে কনাদা ৱাকৎলুনি

নীংঙমদে কনাদা ৱাকৎলুনি
তাবীদে হায়না ৱারৌরুনি,
খঙবীদবা থম্মোয়গী য়াৱাসে
লোন্না ইদোম তমজরদ্রা।

থম্মোয় লাইমন ওইনবা
পিরাং তান্নবা শীল্লুবনো,
তূমদবা কনাবু হৌদোকপা
ঐগী থম্মোয়না ঙসিদি।

পুন্সি ৱানা খাঙলসু
নোংমতা তেংথাবসু উৎলোই,
নুংশিবা অমগী চৈনাবু
কয়াম ৱাব মৈচাক্লো।

# নুংশিবগী লেংদ্রবা

নুংশিবগী লেংদ্রবা
থম্মোয় অমা,
ঐসু ওইরম্মী
কখোক্লবা মঙোন্দা।

চিংনবা লৈন্দনা
থাজনখিবা থম্মোয়,
ঝাহে মদগী
তংনখিবা ওইরে।

মরৌ লৈননা
খঙনরম্বা থোক্লবদি,
কায়নরোই ইবানিসে
শৈহৌদা লানখ্রে।

# নঙনা ঐগা

নঙনা ঐগা
চাংদম্নবা সিবু,
মহৈ ফংগদ্রনে
নমায় খুনবনি।

নুংশিবা অমগী
কদাই-ফাও কখোক্রগে,
হান্না অমুক্তা
খ্বাইহেসে খুন্নকখো।

ঐদি হায়রোই
অমগী খ্বাদি,
লীশিং ওইনা
খুৎথেক্রগা তাকে।

# নুংশি নুংশি

নুংশি নুংশি
য়েংলুবদা নুংওল্লি,
উপাল ৱাপালসু
পুহোং হোংলম্লে।

ফিনেক খোইদোম
অদুঙৈ শেংলিঙৈ,
পাখঙ ঐগা
খঙনা নৈনখিবা।

মফম'সিদা লাক্তুবা
ঐসে কুইরবোই,
য়ূম্নাক শাগৈ
হোংখ্রবা মাদি।

য়াইফনা লেল্লিদ্রা
নুংঙাইবসু ওইসনু,
ঐদি লেল্লি
ঙসিসু হান্নগুম।

# নঙনা পীরস্বা

নঙনা পীরস্বা
চৈনা সিমদি,
কৈসু নত্তে
খাঙই সিঙাই।

পুন্সিগী ইহ্নোকপনা
লম্লানবনি তাক্লসু,
ৱারৌদে ঐদি
নঙনবু পেল্লদি।

নরাল ইরাল
খঙন্দনা লাপথোক্লবা,
পুন্সিগী খঙনরোই
কনানা লাক্লি।

ওইহল্লু ঐবু
শীনীংবা শীদুনা,
নঙগী পেন্নবা
ইরাল লীশিংদি।

# নঙবু ঐনা ৱারৌদে

নুপা ঃ নঙবু ঐনা ৱারৌদে
করি ইতিক্লা হঙ্গৎলুনি!

নুপী ঃ পাইমা পূক্লিং তপথদুনা
অমুক্তদি য়াৱাসি তাবীখো।

নুপা ঃ নুপী ওইবীগী থম্মোয়বু
করম্না থাজবা ঙমখিনি,
অউ খুদিং পাল্লদবু
চিংন্দবা করি লৈখিনি।

নুপী ঃ থম্মোয় থম্মোয় তেংন্দুনা
ৱাশক পরৈ থম্নখিবা,
ঙসিদি করি মতৌনো
শমায় লৈরকপা মওংদি।

নুপা ঃ পুন্সিগী লৈপূল ওইজগে
খন্না লৈখোঙ শংলকপনি,
কুইনা লোইনবগী মীরাইরদি
ৱারৌদবা করম্না ঙমগনি।

নুপী ঃ লৈশারিঙৈ তরাগী মপুনি
শাগৈ জাৎ ওনখ্রদি,
কনাগী মীৎয়েং চল্লরোই
নিঙোলবু নরালয়াইদা পুবীরো।

# তত্তনা নীংশিংই চনুরা ওইবীদো

তত্তনা নীংশিংই চনুরা ওইবীদো
লোইবী চীংলক্তা চিংনা য়েংহৌবদো,
তম্পাক লমদা খোঙদোই হুল্লকপা
পাখঙ ঐবু লাক্লরোইদ্রা চিংনহৌবদো।

পুন্সিগী লৈপূল ওইমীন্নসি হায়না
নুমিৎ খুদিং শোনবী মানা,
ঐ উদবদা ৱাজবা মতৌদো
ঙসিদি করম্না মানা লেল্লমনি।

কুইখ্রে হায়না ৱারৌবা থোক্লসু
অশেংবা ইপাউ 'সিমতং তম্বদা,
ঐবু চিংনা য়েংলগা হায়গনিদো
পুবীরো নুংশিবা নঙগী নরালয়াইদা,
ঙমদ্রে ঙসিদি খঙনা খঙনা
লৈখিবা পল অমনা মনাক্তদি।

# য়ূম্নাক শাগৈ হোংদুনা

য়ূম্নাক শাগৈ হোংদুনা
লম্লানবা কনাগীদা কাইদোংখ্রবী,
মতম অমগী চান্নববু
নোংমতা নীংশিংবা লৈতবোই।

ঐনদি তত্তনা নীংশিংই
য়াইফবদা ওইয়ু চান্নবী,
পলেম পস্থৌগী য়াথংবু
নিঙোল নঙনা ইনখিবী।

লাইরা মচা ওইরুবনা
পাঙ্গল থোকপবু ঙমখিদ্রবা,
নীংবা কায়না ঙসি-ফাওদা
নুংশি মৈচাক্তি খাঙহৌরি।

# অৱা নুংঙাই পুন্সিগী খোঙচত্তা

অৱা নুংঙাই পুন্সিগী খোঙচত্তা
অশুক কুইবসি নোংমতা হংলদ্রগা,
ঙসিদি করি খন্দুনা লাকপা
মতম অমগী ঐগী চান্নবী।

চেংলৌ শক্তমদি ফনা হোংলম্লে
শাইনোল শম্লাংসু তূংবুলনা পূল্লম্লে,
নাপসু মৌ-ওইবগী লৈতেংলম্লে
চরৈ ফিজোল পামদবদা শেৎলম্লে।
ইনাক্তা লাকপা মীকুপ সিদা
করম লেল্লি হংবা নত্তনা,
করি ৱাবু হৌদোক্লুনা নঙোন্দা
থম্মোয়গী ৱাফম করম্না তম্ননি।

# নওগী চেংলৌ শক্তম

নওগী চেংলৌ শক্তম
উরগা ঙসিদি নীংশিংলকই,
ঐগী মতম অমগী
থৱাইদা থৱাই ওইরম্বীদো।

নোংমা পুখ্রি মপান্দা
চিংহি শম্বাল লাংনা,
মোমোন মীনোক তম্না
ঐ লাকপা ঙাইরম্বদো।

কুইরে তাইবংসিদা নওদি
উরক্তবা অশেংবা শক্তম,
লম্লানবা কনাগীদা লৈতনবে
খন্নুং শৱা তানখ্রবী।

# অহীংসিনা লীরি

অহীংসিনা লীরি
থাজ মদোমতদা,
লৈচিল মপৈনা
তম্লুরি অরোলবগী।

মৈশানা লোইরবা
থম্মোয় অমগী,
শিন্থবা পিরাং
সিদনি ফোঙলুরি।

থাজনা তম্বীদ্রবা
লৈরাং অমগী,
কায়নখ্রবা লীক্লাদা
ঙাইহৌরি হায়বসু।

# নঙগী ঐগী নুংশি ৱারী

নঙগী ঐগী নুংশি ৱারী
লোইরে ঙসিদি চেনা খুমজিনখ্রে,
ইরনু নোংদম্বা বিধিনা তমখ্রবনি
শৈহৌদা ওইরসু পোলোইনি সিদি।

মরোল নায়বা ৱারী কয়া
ঐগী পুন্সিদা লৈরি খঙউ,
থম্মোয়গী ওইবনা পিরাংগা পাক্কল্লী
পুন্সিগী শরুক্কা খোঙচত্তা শীন্নবনি।

পীরমসনু মৈচাক খাঙই কিদে
মাগী নীংঙমদবা নোংমতং লাক্লদি,
মরাল লীশিং হন্দক্তি খঙহনখ্রগে
ঙাকপীফম লৈরোই নুংশি হায়রসু।

# তাইবংসে মীনম্বনা থল্লবা

তাইবংসে মীনম্বনা থল্লবা
মতমসে মীনুংশি লৈনদ্রবা,
কন্নানা করি মরালগী
অকনবা দন্দী ফংলিবা।

অওনবা অহোংবা নায়রব্রা
মদুসু নত্তে যুগসে,
অকনবনা অশোনবা তূহৎপনি
শঙ্গ লৈজদবা নমথবনি।

থৱাই মশেল মান্নৌ
খূৎলিংবা অমুক্তং নমথৌ,
অচুম অরালগী ৱায়েল
ময়েক শেংনা লাকখিনি।

# চৎলু পোগুম্না

চৎলু পোগুম্না
খোঙথাংসে চুম্না,
লম্বী শাংনা
চৎকদবা থৱাইশিংনি।

পজেং ফিরাল
য়ুংগদবা মীবু,
কৌরক্লী অরাপ্পদৈ
নখোয়দি তাদ্রিমানে।

মাইচৌমক্তা ঙাইরসু
মাইচৌদি নত্তে,
অখঙ অহৈনা
লোক্তুনা লৈরি।

# লেংদে নুংশিবদি

লেংদে নুংশিবদি
থম্মোয়দগী লাপ্তে,
করিমত্তা চাংদম্নবা
মঙোন্দদি য়াদে।

তরাইনা খল্লুরদি
খঙবসু ঙম্লরোই,
খঙনবা হোৎনবদা
পুন্সি লোইরনি।

হায়বা ঙম্ববু
কনা লৈগে,
নতৌ অমুক্তং
ঐসে তমগে।

# লৈশক চাম্মা শাইওনবী

লৈশক চাম্মা শাইওনবী
লৈরাং কোলোই কোম্বীরৈ,
খোঙহামপাত্তা পোম্বী নঙবু
য়ারলপাত্তা শাৎপী খুদোল-লৈ।

তাইবং কনানদি খঙদা
লোন্না শক্লোন লৌবী,
মাঙ্গা কনানদি তম্লকপা
নিঙোল নঙোন্দা মাবু।

চেৎনা অমুক্তদি থম্মু
য়াৱা পূমেন পাউমেন্নহৌ,
শমায় লৈদুনা শকওনখিনি
কোনু নঙদি কায়হৌনি।

# ঐগী ইরাল করি লৈবনো

ঐগী ইরাল করি লৈবনো
থম্মোয়বু তত্তনা ওৎলগা ৱাহনবদি,
মমি তাদ্রিবা পুক্সিগী নুংশিববু
ইরাই লাইনা হৈনা তশ্বীরগা।

ময়োল থিনগৎলবা থম্মোয়গী লৈকা
নুংশি ঈরিক্লা শকাইবদা খুইহনখি,
মপুং ফাদনা কেমহনবা সিবু
করি অমুক য়েংনবা থৌইনশিন্নো।

খঙজদনা খঙলকপগী নুংশি ঈহুন
মমল লৈত্রে হায়বগী মাঙহনব্রা,
নুংশি মগুণগা মান্নদবা লৈবগী
নঙনা ঐবু মীরাইনা থশ্বীব্রা।

# মেরাগী পুর্ণিমা

মেরাগী পুর্ণিমা
নঙবু কল্লক্তে,
য়েংসু য়েংনীংদে
শীংথানবসু ঙমলোই।

থম্মোয় পেলহল্লদি
ঙাওহনবা ঙম্লদি,
পুর্ণিমা অমা
নীংশিংবা লৈরক্কনি।

নমিং লৌরগা
থোনখিবা মাবু,
করিগী ইফমদদি
চৈনা পীহল্লি।

# কনাগী থম্মোয়বু হুদুনা

কনাগী থম্মোয়বু হুদুনা
হুরাল মীৎয়েংদা য়েংবনো,
করি য়াব্রা হায়নীংদুনা
মীৎচান্নবা নঙনা ঙাইবনো।

মোমোন মীনোক তম্লুবদি
নঙবু কনানো য়েংবনি,
খঙনদ্রিঙৈ থম্মোয় তেংবদি
পুন্সি নীংবা কায়নি।

নুংশি মরী থম্নদ্রিঙৈ
অমত্তা লৈত্রি ব্রাশক্লসি,
মপু পানখ্রবা লৈরাংগী
লৈখোঙ অনীদি শুনিংদে।

# মী কপ্পী

রাগদবনি হিংলিঙৈ মতমদি
থম্মোয়গী মরীসু লাপথোকউ,
মী ওইনা পোকপগী
অরাবা নুংঙাইবা খঙদোকউ।

নুংশিবগী হেক মথংদা
নরৈবাক্কী অমুক্তংগা খল্লু,
পি মরিক অমতসু
নুংশিবগী মতৌগুম শিঙ্কৌ।

অশাৎপা লৈ খক্তনা
ঈশ্বরগী খুয়াদা কখোকপনি,
অমুক্তা শীংথাদ্রবা লৈরাংনা
অরা-নুংঙাইগী খুদোল ওইনৈ।

# নীংতম্বা পাম্বগী কংলৈপাক মচাশিংনা

নীংতম্বা পাম্বগী কংলৈপাক মচাশিংনা
হৌরি লান কাংলুপ শেমদুনা,
পারি পুরি থিগত্তুনা নৈনরি
মতম অমদা নীং-খা তল্লকপনি।

মীতৈ নোংশা তুমখিববু হৌদোকই
মাঙ থাররো মতমসে য়ৌরক্লে,
পোক্লফম ইমাগী শিঙ্থা শীন্নখিবা
নোংমতা ওইরসু পোক্লকপগী চঙশিনলমসি।

কয়াদা নুংশিবগী লীংজেন খাবনো
কাওবা লৈত্রবা মীরোল খুনাইদা,
অথৌবা শোয়দনা মায় পাক্কনি
মান্নবগী লীচিংনা খুৎলিং শেল্লক্লদি।

# মীনাই নায়থাংগী

মীনাই নায়থাংগী
লীচৎ শাজত্তা,
চৎনবী ওন্দুনা
মীখা পোলহনবনি।

পেনবা শক্তুনা
করিগী লৈথোক্লী,
ননীং নখা
নোংমতসু থুংদ্রিসে।

অপেনবনা করিনো
অব্রাবনা কদাই,
কনাগী শাসন্দা
ননীং থুংলিবা।

# নুংশিদা ইমা পোক্লফম লমদমসে

নুংশিদা ইমা পোক্লফম লমদমসে
করিমত্তা নঙগী পাংথোকপা ঙমদ্রে,
চরৈ ফিমন্দু ফাওবা শীনবীদ্রে
কপ্পা লেল্লিনি নচাশিংনা খঙই।

মতমনা পুরকপা অহোংবা য়েংসিরা
তাকপীবা লম্বীগী খোঙগুল লীরোরা,
ইমানা মিঙ্গৌবা অথৌবা অথৌবী
মীতৈ নোংশা হায়নবু হৌদোকউরা।

লাপ্পা চৎখিনু তূমপক তাশিল্লনু
লীংজেন মান্নবা নচাশিং হৌরক্লে,
ইমানা তেংথাবগী খোঞ্জেল তারে
খাঙবা ঙমদবগী পাঙ্গলনা ফুদোরক্লে।

# ইমা নঙসে ৱারিনি

ইমা নঙসে ৱারিনি
ওৎপী নৈবীবনা হেল্লে,
নচা ওইবনা ওক্তুবদা
মমা ওইবীনা নুংঙাইদোইনো

নঙদি নোংমতসু ৱারৌদে
য়েংলগদা লৈবা হৌনব্রনে,
অশাও পরৈনা নোংমতসু
মালেমসে থক-খা ওলহল্লু।

অনৌবা আশাগী য়াওলদা
শেমগৎলু অফবা নচাশিং,
মরূ ফংনা মুখৎলগা
অচঙবা মরূ হুল্লম্মু।

# কোলোই কয়ানা লৈতেংবী

কোলোই কয়ানা লৈতেংবী
তম্ফাদা মণি থিনবী,
য়েংলুবদা ৱাত্ত পাদবী
নোংপোক মাইকৈদা ঙাম্বোইবী।

ইমা অমুক্তং কৌজগে
মোমোন মীনোক্তো উহনবীরো,
পুমেন পাউমেন্নদা কুইরে
নাওয়োক নাওকোনবগী শীংঙমদ্রি।

করম্বা মতমদা নচাশিংনা
খোম্লাং লমনগী শীংঙমগনি,
মালেমগী লৈবাক খুদিংদা
ইমানা হেন্লেসু খঙহন্নী।

# খোঙগুল লীরসি

খোঙগুল লীরসি
লময়ানখ্রবা মখোয়গী,
মাঙদা থাররো
নতূং ইল্লগে।

খূত্তা পায়রো
জাতিগী ফিরালসে,
চীন্দসু লাওরো
য়াকাইবগী খোল্লাওসে।

হৌরকপা ভাইরি
মপারি মমোমতবু,
লূচিংখিবা কয়ানা
লৈবাকসিগী লূচিংগদবা।

# মীখা পোল্লক্তবৈ লীচত্তুনা

মীখা পোল্লক্তবৈ লীচত্তুনা
পোন্দনবৈ হোৎনবা মশীলনি,
থৌনা লৈয়েসু উৎপনি
করিগীসু পোনফম থোকই।

য়েংলু খুদিংদা ব্লাত্তে
শেমগৎ শাগৎপা ব্লাৎপ্লনি,
লমগী ষণনা মচি-শাংবগী
ইরমগী খনখিদবা কয়ান্নী।

কনাগী মতেং লৌরুদুনা
চাক্নী ফিনীবা ওইখিবনো,
পারি পুরিগী লীক্লমদা
শু নোমদুনা হিংসি।

# মী তেংথারি

পুন্সিসে খল্লুবদা নুংশিবনি
পোকপা শিবগী খন্নদে,
নুংঙাইবনা ঈশ্বরবু কাওথোকই
অৱাবনা তত্তনা নীংশিংই।

খেন্নদবা লশ্মী তোঙাল্লকই
ঐনা তৌজরুবা মহৈগী,
ফংবা মহৈসু পুন্সিগী
ফংদবা কনাসু লৈতে।

খঙনা অৱাবা খাঙলবা
নোংমতা পেন্দনা তল্লরোই,
নোংদম্বা মাগী নোংদমখোলগুম
তেংথাদুনা ইথন্তা চংখিদৌনি।

# পাপ্না করিনো পুন্যনা করিনো

পাপ্না করিনো পুন্যনা করিনো
মীওইবা নখোয়দা ঐনা হংলি,
ধর্ম্মদি লৈতনা হিংশাদি তৌরগা
ঈশ্বর নীংবসু ভক্তি ফংলোই।

অচুম্বগী লম্বীসু ঐ থিরে
নীংলে লেংলোইদবা ধর্ম্মসু অমা,
থাজবা অমগী অরেপ্পসু নত্তে
লেংদবা অশেংবগী ঈশ্বরদু থিবনি।

মীগী চেৎন্দবা ৱাঙাংসু তাররোই
পাউতাকসু লৌররোই শেমজিনবা ৱাহৈ,
উৎপা ঙম্বা থিবদা ফংবা
ইশাগী ধর্ম্মনা অরোইবা ওইবনি।

## পুন্সি শাংনবা

পুন্সি শাংনবা
ঈশ্বর নীংসি,
অচুম্বা চৎনবা
ৱাখল মরূনুসি।

পূম্নমক য়াইফনবা
থম্মোয় শেংদোকউ,
নঙগী মাগী
মহাক্কী নহাক্কী।

মীওইবা ঐখোয়দা
মপুনা শিন্থাবনি,
ঈশ্বর থিদুনা
মুত্তি ফংউ।

# কদাইদা লৈগে থিয়ু

কদাইদা লৈগে থিয়ু
মপু মানা চিরোল্লি,
মীওইবা ঐখোয়না থিবনা
লান্না লমফৈদা চৎলি।

অনীংবা পঙখৈ য়ৌদনা
ফাংলবা লম্বীদা থিনরি,
অরেপ্পা লৈতবা থম্মোয়না
মশীং খঙদা খুৎথেকই।

মাবু থিবা ফংলরোই
অনকপা অরাপ্পা লৈতে,
ফংগে নীংলবদি খঞ্চৌ
থাজবা অদুতনা লাই-ওইবনি।

# চরৈ ফিমন শেত্তুনা

চরৈ ফিমন শেত্তুনা
মীৎলু পিরাং শিন্থনা,
হরাউ মীনোক তমদনা
মপারি মমোম্বু কৌরকপা,
করম্না কাওগনি ঙসিদি
পলেম মাগী শক্তম্বু।

ঐখোয় খ্বাইগী খনবদা
মনীং থুংদনা লেল্লিবা,
মতম্বাক্তা চাওখিবা মচাশিংগী
কাওঙমদবা নাওথি নীংশিংলগা,
চিংনা য়েংজবা মতৌদি
খাঙবা ঙমদ্রে ঙসিদি।

# শৈথাওনে নরমদম নরৈবাক্কী

শৈথাওনে নরমদম নরৈবাক্কী
ৱাংনা থাংগৎলু নুংশিবগী,
য়েক্লবনা অকি তূজুংনবা
হৌদোকউ তূংগী য়ূম্বীরেল।

থৌনা লীংজেন উৎত্রিবা
নপারি নমোম কয়াসে,
ঙসিসু পিরাং পিরোইনরি
ইমাবু অমুক্তং পেলহনসিগে।

মনীং তম্না পাইহন্নীংবা
মচু তরেৎকী ফিরালসু,
মশক মচু শিদদৌরে
খূত্তা লীশাং পায়রকপগী।

# পেলহনবা ঙমলোইনে

পেলহনবা ঙমলোইনে
পূক্লিংগী অপাম্বা,
শুমহৎপা য়ারোইনে
ব্রাহে লীশিংনা।

অশাও পরৈবু
থেমজিনবা ঙম্বা,
কনা লৈরিগে
অমুক্তা হায়য়ুনে।

অপোকপী পলেমতনা
ব্রাহে অমতং,
নুংশিনা কৌরকপদা
মচাশিংনা পেনবতনি।

# কাওগনুনে নহারোলশ

কাওগনুনে নহারোলশা
চীংশাং পরেংদগী,
কৌব্রু চীংনা
খুন্দা অহানবনি।

থাংজিং চীংনা
কোরৌ নোংদমখোলগী,
তাইবং কুম্মে
পুথোক লাংওনফন্নী।

পারি পুরি
হৌরকফম খঙলদি,
লাইফমলেন নীংশিংদুনা
ইরৈবাকপু নুংশিনি।

# চৎলিব্রা ঙসিদি খোঙজোম তির্থদা

চৎলিব্রা ঙসিদি খোঙজোম তির্থদা
লৈখিদ্রবা অথৌবগী তর্পন কৎনবা,
নপারি নমোম য়েংবদা নুংওল্লি
মিৎলু পিরাংসু শিম্থদবা ঙমদে।

অঙৌবা ফিজোলনা লৈতেংলবা নপারি
ৱাওথাংনবা ফিজোলনা লৈতেংলবী নমোম,
ঙসিগী নুমিৎসে নীংশিংবদা কপ্লীংই
অদুঙৈ থৌদোক্তো ময়েকসু শেংহল্লি।

ইংনা চিক্লা পাল্লম্বা মীতৈবাক্তা
লম কোইরকপা বীট্রিস সাইহেপ্পা,
কল্লক খম্বলদুনা লমবু মীহৌবদৈ
থৱাই পোম্থানখিবা ঐখোয়গী অথৌবনি।

# সহিট মীনর য়েংলুরসু

সহিট মীনর য়েংলুরসু
আগষ্ট তরাহুমদোই নীংশিংলকই,
পাউনা টিকেন্দ্রজিৎ উরকই
নোক্লা ফাঁশি কাখিবদো।

কংলা উরুরে কাওঙমদে
মতম অমগী ৱারীশিংদো,
ওইরম্বা অদুঙৈগী শক্তম
নোংমা নোংমগী শাম্মকই।

কনাদনো থম্মোয়গী পাউদমসে
পূকচেল খোইজেল তিন্নবৈ,
ধর্ম্মগী অরালবা লমফৈনা
ঐখোয় মশেল শেৎনরদবু।

# নীংশিংবা লীশিংনা নোংমদি

নীংশিংবা লীশিংনা নোংমদি
মীকপ মীরাওখোল ওইরনি,
তূমিন্না য়াতাবা ঙম্লরোই
করিগী লৈথোকই হৌদোক্লনি।

মাঙলমচত্তা থোকখিবা কাওরব্রা
হঞ্জিন হঞ্জিন য়ৈরক্লনি,
ইমানা তেংথাদুনা কপ্লকপা
লীশাং শীৎলক্লে তম্লক্লনি।

নোংমতা নীংশিংদ্রবা ঐখোয়না
ইমাগী লমন শিংলসু,
থবাই পোম্বা ওইখ্রসু
শংখ্রবা মচুদি কোকখ্ররোই।

# মাইচৌ তরেৎ হৌদোক্লুসি

মাইচৌ তরেৎ হৌদোক্লুসি
মতম য়ৌরক্লে হায়রুসি,
অদুগুম হায়না শরুখিবা
পূংফম পূংজাদু খঙহল্লুসি।

অওনবা অহোংবা পামলেনে
অচুম অরাল ৱায়েল্লরো,
ৱায়েল পথাপকী অকনবা
ৱায়েল কাটিদু পুথোক্লরো।

মীনা শা ওনবা
য়েংবা ঙমদ্রে তল্লুসি,
খুনাই মুত্তুনা মাঙখিদৌরে
অমুক্তা য়াকাইনবা পাউদম্লুসি।

# অপোকপী পলেমগা পাঙ্কক ওইরিবী

অপোকপী পলেমগা পাঙ্কক ওইরিবী
নুংশি হায়জবনা অপেনবা ওইবীয়ু,
অমুক্তং শোঞ্জবনা নুংশিবা পোকপীয়ু
নতম্বাক্তা ওইঞ্জবৈ চাওথোকপা ফংবনি

য়েক্লবনা লাঙ্গোই চনবা ঙমদ্রিবসে
ইমাগী অচেৎপা চাওক নাওক্লনি,
কনাবু কিরুনি মমানা লেপ্পীরদি
লাকচবা ঙমলোই খুদুমসু চল্লোই।

পোকপগী মহে ঐখোয়সু য়াল্লে
মগুণ লৈবী ইমা ফংজরুবৈ,
চিরকপা মতমদা পীরকপা শিঙ্খা
নপারি নমোম্না শমায়সু লৈরোই।

# য়েক্লবা কয়া থোরকসনু

য়েক্লবা কয়া থোরকসনু
পোম্বা ওইখ্রসু কল্লন্নী,
তূংদা লৈহৌবা মীরোলগী
য়াইফবা ওইনবগী পোক্লফমসে

মতিক মগুণ লৈখ্রবী
ইমা মণিপুর মুৎঙমলোই,
নোংমা নোংমগী হেনগৎহন্নী
শক্তি মগুণ মথৌনাদি।

মালেম শীন্না খঙনখিবা
হিরম কয়াগী খূৎথেক্তা,
মথৌনা লৈবা লৈবী
চাম্মা চাম্মা পোকপীসে।

*মী য়ারি*
*মী কপ্পী*
*মী তেংথারি!*

নুংশিবগী কখোকপদি থম্মোয় মৈচাক পূন্নবনি।

# থম্মোয়পোন্দা য়োল্লম্বী

থম্মোয়পোন্দা য়োল্লম্বী
হাদ চেল্লা,
ননীং তমথ্রবা
কাইদোংফম লৈরবগী।

নুংশি লমদম
নোংমতা নীংশিংলরোই,
লোইনরম্বা নপাংসু
কাওরগে নীংলবা।

ঐদি নুংশিবগী
তত্তনা শোল্লি,
কাওবসু লৈররোই
থল্লাই ওইরম্বগী।

## লাকও লাকও

লাকও লাকও
ঐগী ইনাক্তা,
ৱারী অমা
ঙসি লীবীরমগে।

নুংঙাইবা ৱারী
নীংশিংদুনা লৈরদবা,
নখোয়না পামজবসু
অমতদি হায়রকউ।

লৈপুঙ ফল্লীবা
নখোয়গী নরক্তা,
ঐগুম্না হায়রমলোই
পুন্সি খোঙচত্তা।

# তাইবং কনা খঙহন্দনা

তাইবং কনা খঙহন্দনা
লোন্না নুংশিরুবা নঙবু,
ঙসিদি লোৎপা ঙমদ্রে
নুংশি মৈনা কনখিবনা।

তুম্লে মঙদা মউই
চারে নঙতগী মখল্লি,
অহীং তাইবং খঙদনা
নুংশি মৈচাক পুরে।

নোংমতসু ঐগী খনবীরবা
কয়াদা পেন্নী থম্মোয়সিনা,
লৈজবা পূম্বা কখোকপবু
মহৈ য়ালহৌদ্রসু পেল্লগে।

# নুজা কনাগী ৱাখলদা

নুজা কনাগী ৱাখলদা
পুন্সিসে লাইমন ওইরে,
ঐগী ওইরোইদ্রা চিংনবদা
লৈতাফম খঙহনদ্রে পূক্নিংসে।

নুংশি করি ওইরসিগে
ওঙ্খোল্লা কল্লিদা ময়াইসে,
হূনি খঙনা থক্লুগুম
শিদ পাল্লে ঙসিদি।

ৱাব 'সিদগী লৈরমলোই
খঙনা খঙনা ওমচাকপনি,
উনা উনা থৈঙমদে
মশুংলাংগী শিবগা পাঙ্ককনি।

# নূংনা শাব মুর্ত্তিদা

নূংনা শাব মুর্ত্তিদা
নুংশি পাউখোঙ চল্লুরে,
মরোল থোক্তবা চীনবান্দা
নোকফেৎ তৌরক্লবা হৌরুরে।

য়াম্না মান্নবা চান্নবীদো
ওইরবোই নীংলুরে ঙসিদি,
মায় থকপা হায়বদো
ঐবু মীমাঙদা তারে।

নুংশি থাখলনা হেনখিবনা
মীমাঙ পূমাঙ লৈত্রে,
থম্মোয়না ফোঙনীংবা হেনবগী
লোৎপা ঙমদনা কাংবনি।

# পিনা ঈচেল ওইদুনা

পিনা ঈচেল ওইদুনা
পূক্লিংনা ঈপাক ওইখ্রবা,
থম্মোয়না লম্বী তাক্লগা
ৱাখলনা হৌরকফম ওইরদি।

ঐদি করি ওইনি
নঙনা নোংমতা লেপত্রগা,
ঈপাং য়াওদনা লেপ্পা
পুন্সি অমগী ঙমলোই।

ৱারী লীশাং শীৎনা
শাগৎপা পুন্সি অনীগী,
অমতা ওইবা নৈপুল
মশীং চনবদা চেৎলোই।

# মৈরানবীনা মৈরীবু

মৈরানবীনা মৈরীবু
করিগী পামজৈ,
নুংশিরুবগী নত্তে
মৈশা ফংনবৈনি।

নুংশিবগী কখোকপা
হায়বা 'সিদি,
অমাংবনা শরূক
ওইদুন্তা লৈবনি।

পামজরুবা তারদি
থম্মোয়না নকশিনবনি,
নক্লা মৈরান্নে
পুন্সিসু কেম্মী।

# ময়েক চাম্মা চাম্মগী

ময়েক চাম্মা চাম্মগী
সুর লীশিং ঙংউ,
নুংশিবা অমগী মপাউসু
কায়নবা কয়ানা তাবীরোই।

ইরগে ঐঙোন্দদি তম্লকউ
করম্বা থম্মোয়গী মপাউনো,
লৌনম চিরোল নত্তবা
অচেৎপা মরীদুগী লৈপুলদো।

তারিবা ঙংলিবা সুর
কনানা তম্বা ঙমলোই,
পুন্সিগা নকুবা মরীতনা
তম্বা ঙমগনি পুম্নমক।

# পেনবা ঙমলোই নঙগী ৱাহৈমনা

পেনবা ঙমলোই নঙগী ৱাহৈমনা
থাজবা লৈরম্বা ঐবু মাঙহনবীরে,
চিংনবা লৈখ্রনি পুন্সিগী সিমদি
ঙহাক লৈতা ওত্তুনা লৈরদবু।

কৈসু নত্তে খঙলিদুনি পুন্সিসে
শিরগা লোইবা মপোক অমদা,
অপিকপা ৱাখলগী থম্মোয় চেনবনো
নঙোন্দা লানদ্রিবা ঐসিবু করিগী।

নোংমদি শোয়রোই তিঙ্খং ওইরকপা
নশানা নশাগী নরাল লীশিংদুদা,
য়েক্লবা ওইগনু মীবু ৱাহন্নু
থম্মোয় তিন্নবনা য়াইফবা ওইগনি।

## চাংদম্নবা য়ারোই

চাংদম্নবা য়ারোই
হেন্দুস্তা লৈরনি,
ঐগী নুংশিবনা
চাম্মা চাম্মা।

কল্লকপা কয়ানা
য়েংশিনবগী হায়বনি,
থম্মোয় চেৎনবনা
নুংশিনবা হেল্লি।

হেনবদুনা লেপ্পনি
কোরৌ নোংদোলথক্কী,
তরামরিনি পানবা
থাজগা নঙবু।

# কপ্পী উবীদে

কপ্পী উবীদে
তেংথাই তাবীদে,
খঙবীনবা ফোঙজৈ
থওই ৱাওইদে।

মাগীনা অরুম্বা
থম্মোয়গী চৈনা,
ঐগীনা মমিংদং
কৈসু লৈতবা।

লান্না চৎনরে
মশক খঙহনদ্রে,
তিঙ্খাংগী তিঙ্খাং
ওইনদা তারে।

# নীংশিংবা হায়বসিনা

নীংশিংবা হায়বসিনা
কয়াদা ৱাহল্লিবা,
তত্তনা খল্লুবনা
থম্মোয়সি কায়রিবা।

কনা খণ্ডহন্দনা
থেমজবা থম্মোয়,
নোংমা নোংমগী
পোত্থাফমসু লৈহনদ্রে

পুন্সিগী পোৎলুম
হায়ববু মসিতনি,
নঙনা পীরম্বা
নুংশিবগী খুদোলসে।

# মৈরীবু মৈশা ওইনা

মৈরীবু মৈশা ওইনা
থম্মোয়দা ওমদুনা থল্লবদি,
নোংমা চাক্লনি তূম্না
মৈরানবীদৈ অকিবা ফংনা।

মৈরানবীদি মথন্তা মাঙজবনি
নঙদি থম্মোয়'দুবু ওৎচরি,
নশা নথন্তা কেমজবদৈ
লৈমন চলহল্লি কনাবুসু।

খঙদ্রিবা নুংগী পিরাং
মায়থোং য়ৌনা তাহল্লি,
অৱাবা মসি য়ৌনা
নঙদি খাঙনি খঙদে।

# তোমথিন ওইনা থোকইবা

তোমথিন ওইনা থোকইবা
নঙবুনি ঐনা ঙাইজবা,
পূর্ণিমা নঙবু ঐগীনে
পেন্না য়েংজবনি পেলহনবীয়ু।

নুংশি করম্না শীংথাওগে
মোমোন মীনোক্তসু শুমহৎলি,
মায়থোং লকাসু ঙাওই
নঙগী শক্তম নীংথিজৈ।

অতৈনা উবা শক্তমগা
ঐনা য়েংজবা মীৎয়েংগা,
খেন্নবা মরম্বু খঙব্রা
নুংশিবগী মান্নদবা মীৎয়েংদি।

## থম্মোয় চাং ওল্লগে

থম্মোয় চাং ওল্লগে
পূক্লিং নঙনা খঙজরোকো,
মীৎয়েং চঙনা য়েংলগে
তরাই তরাই খনবীনু।

নুংশিবা কদাইদগী হৌরকই
অপাম্বগা কল্লকপগা করিনো,
নথন্তা সিমদি হংজখো
খঙলদি নঙনা তাক্লম্মু।

থম্মোয়দি পাক চাওই
লূম্বদৈ লূম্বা মানি,
পুন্সি অমগা পাঙ্ককনৈ
মশক্তা উবা ফংদবনি।

# তাইবং কনানা

তাইবং কনানা
খঙবীরোই তাবীরোই,
অরোলবা পূক্লিংগী
ৱারী কয়া।

নাপদা তারিবা
থম্মোয়গী ৱারী,
মামক্লা থৈরবদা
অতৈদি কৈদৌনি।

খঙদা উদ্রিবা
লৈন্দবা মরীদা,
ঐগী মাগী
করি পাউদম্নী।

# করি মতৌনো ’সিদি

করি মতৌনো ’সিদি
তল্লম্বা খুদোলনা কেম্বদি,
নাপদা শমজিগী লৈতেংদ্রিবঁগে
পাম্মুবনা উরগা পেল্লরোই।

চন্না তল্লমদবা খুদোলনি
পুন্সি মরী লৈনবনি,
চেকশিন্না থম্বীদবা ওইনা
নিঙোল ঐবু খল্লনি।

পাম্মুবগা ৱাশক পরৈননা
নুংশি খুদোল ওইখিবা,
লৈহাও লৈরেন নওনা
নগুণ লৈতনা মাঙবদি।

# থাজসিনা নঙ ওইরগা

থাজসিনা নঙ ওইরগা
ঐনা অচিকপদা ফল্লগা,
য়েক্লগে নুংশিবগী শক্তমদি
ঐনা উজখিবা চেংলৌদো।

মেরা থাবলনা হেন্দে
পারবা ইনফিবু ইন্না,
নুজাগী শবানবু তাকচবী
নুপী ওইবীদা শিংথারবী।

নঙবুদা নীংশিংবনি ঙসিসু
থম্মোয়গী মৈচাক থেল্লকপদা,
কাওরো হায়বা ঙমদে
ময়েক শেংনা লাহল্লকই।

লোই

*মুতুরা তোম্বা*

পোকপা ঃ খৃষ্ট-কুম ১৯৫৯ ইং,
কৈশামপাৎ মুতুম লৈরক, ইম্ফাল।

মহৈ ঃ মণিপুরী গ্রেজুয়েট

*হৌজিক ফাওবদা অইবনা ফঙখ্রবা মনাশিং*

১) মণিপুর এক্সীলেন্স ষ্টেট এৱার্দ ১৯৯১ ইং
২) ফার্ষ্ট ভি. ফি. কমপিটিসন এণ্ড ওপনিং স্পেশিয়েল ষ্টেট এৱার্দ ১৯৯৩ ইং
৩) ভারত এক্সীলেন্স নেসনেল এৱার্দ ১৯৯৯ ইং
৪) ভারত গৌরভ নেসনেল এৱার্দ ২০০০ ইং
৫) নোর্ট ইষ্টর্ন প্লে-রাইট এৱার্দ ২০০১ ইং
৬) ডাঃ অমবেদকর ফেল্লোশিপ এণ্ড নেসনেল এৱার্দ ২০০১ ইং
৭) দিপার্টমেন্ট ওফ কলচর, নিউ দিল্লীগী সেনিয়ার ফেল্লোশিপ ইং ২০০১-০২গী মনা
৮) সাহিত্য পট্রা, ২০০৩ ইং (দিপার্টমেন্ট ওফ কলচর)

*অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং*

১/২) নুংশি মৈচাক (উপন্যাস '৮০/৮১), ৩) হিংনদবা (ড্রামা '৮১), ৪) হিংননবদা পুন্সি (ড্রামা '৮২), ৫) সুরগী ঈশৈ (ঈশৈ '৮২), ৬) নোংলৈ নুংশিৎ (ঈশৈ '৮৩), ৭) নাকেল্লবা পামেল (কাব্য '৮৪), ৮) কখোকপা (ড্রামা '৮৪), ৯) মুর্ত্তি মমি (ড্রামা '৮৫), ১০) খোঙগুলগী মমি (ড্রামা '৮৫), ১১) পোৎলুম পুবা (ৱারীমচা '৯১), ১২) শক্তম তরেৎ (খোমজিনবা ড্রামা মচাশিং '৯২), ১৩) শক্তম মাপল (খোমজিনবা ড্রামা মচাশিং '৯২), ১৪) সমাজসিগী ৱাকৎ লীশিং লীশিংনি (শৈরেং '৯৪), ১৫) নোংলৈ নুংশিৎ (খোমজিনবা ঈশৈ '৯৫), ১৬) সনা লৈবাক (ড্রামা '৯৬), ১৭) হৈবোঙ মনুংগী তিল (ড্রামা অহুম পূনবা, ২০০০), ১৮) কিন্থুরবা শম্বুল (ড্রামা '০১), ১৯) থম্মোয়সু নূং ওল্লি (শৈরেং '০২), ২০) থৱাম্মিচাক লীশিংলক্তা (ঈশৈ '০৩), ২১) অচোয়বা লৈচল (ৱারেং '০৪), ২২) ইম্ফাল সহরদি থোঙ লোল্লে (উপন্যাস '০৫), ২৩) মৈখেৎ মরু অহুম (ৱারীমচা '০৬) মণিপুরী কোমিক্তা ১/২/৩ ইপু কৈ ওইবা ('৯৪/৯৫/ '০৬, অপূনবা)।